মনিপুর সরকারগী মহৈ-মশিং বিভার্গনা খল্লবা

# হৌজিক্কী শৈরেং

অইব :—

শ্রীনোংমাইথেম নরেন্দ্র সিংহ

অফোংব :- অইব।

মখুম পুখোকপ :- অইব

মেকপ অমস্তুং ব্লোক শাব : ইবোয়াইমা
আর্ট সেণ্টর, ককচিং

অহানব ফোংব :- ইং ১৯৮২, জুলাই

কোপী মশিং :- ১০০০
মমল :- লুপা ১৫/—

Printed at :—
M.D. Brothers Publishing Printing & Stationery Co.
Kakching Manipur.

# হৌজিক্কী শৈরেং

ইবা ঃ —

শ্রীনোংমাইথেম নরেন্দ্র সিংহ

অকোংবা :— অইবা।

মখুম পুথোকপা :— অইবা।

য়েকপা, ফমচুং ব্লোক শাবা :— শ্রী[illegible] ইবোয়াইমা সিংহ
কলেজ অব আর্ট, ককচিং।

অহানবা কোংবা :— ইং ১৯৮২, জুলাই।

কোপী মশিং :— ১০০০।

মমল :— লুপা 25/—

*Printed at :—*

***M. D. Brothers Publishing Printing & Stationery Co. Kakching Manipur.***

# রাহৈ অমনিদং

***Time is not static but dynamic***

মীওইব মতমগী ঈচেলনা পুত্থুনা চৎলি। অইবশিংনা মতমগী থুপ্লব ঈরোম্লুংদ অস্থুম লেপ্পা লৈতনা তাউথরি। হৌজিক্কী মতমগী অইবশিংনা রিয়েলিজম, যাথার্দবাদ, অচুম্বা মাইকৈদ মতমগা চুননা খোং থাংই। মখোইন মীওইব পুন্সিগ মরী লৈনব হীরম অমসুং পোৎশিংদ মিৎয়েং হেন্না তাই; মতুম ফংলকপ রাখল ঈথিল্ল অদু অইবশিংগী থমোয়দ নিংথিনা য়েকই। মসিনি মতমগী নোংপোক অমসুং নোংচুপকী রাইটরশিংগী খুৎইদি। অইবশিংনা মীওইব পুন্সি অমসুং মতুগা নক্ক মরী লৈনব পোৎশিংদগী থাপ্প লৈতে; পুন্সিবু লাপ্পা থমদে। হৌজিক কালগী অইবশিংনা অনৌব আশা, উৎসাহগা লোইনব ক্রিয়েতিব ছায়বদি শেমগৎ-শাগৎপগী রাখললোমদ হেন্না পুক্নিং চংশিল্লি।

মণিপুরী আধুনিক শৈরেংশিংদ অচম্বা রাহৈন রস চেনব মফোংদোক অসি চৎনরকপগুম তোরি। মতমগী মনিপুরী অইবশিংসু মীরক্ক চংই; মীৎয়েং তাই; মূর্ত্তিশিং অদু মতমগী য়াওল খোংজেলগা ইরোইননা য়েকথোকই; মকা লাম্না ফোংদোকনৈ অনৌব মতমগী থমোই-ইথিলশিং। অইবশিংগী খুৎইদ পেনবপেন্দব, আশা, নিরাশা, অরা-নুংঙাই — কয়ানা পুল্লব খোন্নাং —স্বর য়াওদব নত্তে। অদুবু শৈথানবশিংগী মফমদ শৈথানবদি লাংত্তে।

মণিপুরগী থা-মাইকৈদ চহি থরসি লাইরিক কয়া কোংঙ্গে অমস্তুং কয়া'মস্তু কোংনিংবগী আশা উব ফংই। মাইকৈ অসোম গী অইব কয়ানা মণিপুর ইমাগী সাহিত্য লৌবুক্ত মতম চানা খোংদাঙ্গে হায়জনিংই। "হৌজিক্কী শৈরেং" মনিপুরী শৈরেংগী লাইরিক্কি। ঐন ইজব শৈরেংশিংদগী থরথক থনগৎলগা কোং-জবনি। সাহিত্যগী মীফম থরদ ইশানা পাথিব ইশাগী শৈরেং অম'নিস্তু য়াওহল্লরে। পুন্সিদ থেংনব অমস্তুং থেংনদব কয়না কয়ানি ঐগী শৈরেং থরসিদ চেন্থরিব ঊচেলশিং। পাবীরিবশিংদ য়াইহাক পোথাব পিরবদি, ঐন ইজবগী মনা ফংলে থজ্জগনি।

অইব

তাং ১৭/৭/৮২ ককচিং। শ্রীলোংমাইথেম নরেন্দ্র সিংহ

# হৌজিক্কী শৈরেং

চংশ্রবা, লৈশ্নিবা, লাকদবা অশৈবশিংদ,

শান্তি, কংথোকপা পাম্বশিংদ,

মীওইবা সমাজমু থাজংপিনিংবশিংদ,

মাইফংনিংবশিংদা,

খুৎহৈশিংসি

কক্করি।

সরোজ

# থাগৎ ৱাহৈ

লাইরিক অসিগী মরুপ্না অভিমত পিবিরকপ শ্রী এম. বীরমঙ্গল সিংহ, সেক্রেটরী, 'রাইটর্স এসোসিয়েসন' ককচিং অমসুং শ্রী বাই. বিহারী সিংহ, সম্পাদক 'চুমথাঙ' সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংগী লমন তোনশিনবিরবনি। লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপা অমসুং ক্লোক শাবিবিব শ্রী কে. ইবোয়াইমা সিংহ কলেজ অফ আর্ট, ককচিংবু থাগৎচরি। লাইরিক অসি নম্বদ পুক্নিং থৌগৎপিরকপা মরুপ-মপাংশিংবু মতম লৈবা থিবিক্ত থাগৎচনিংই।

লাইরিক অসি নম্বদ অরাবা শরুক লৌবিবিবা এম. ডি. ব্রদর্স প্রিন্টিং কো (পি) লিমিটেড, ককচিং বাজারগী প্রোপ্রাইটর অমসুং ষ্টাফকী মকমদা তৌবিমল থাগৎচরি।

মহেন্দ্র

# লাইরিকসিগী মফম অসিদা মফম অদুদা

শ্রীনরেন্দ্রসংহগী 'হৌজিক্কী শৈরেং' কৌবা শৈরেং লাইরিককসি ভাগ তেক পাম্বদ্বংপদা ৮. ক্লিংদা থম্মকা ঙ 'কাওরকপা অমদি 'হৌজিক্কী' হায়বা বাহৈসিনা লাইরিকসিদা য়াওরিব শৈরেংশিংগী মরমদা বা থম্ম চায়হল্লিবোইরে-অরিব মতমগী শৈরেং নত্তবা হৌজিক্কী মতমগী শৈরেং হায়না। মরম অসিনা 'হৌজিক্কী' হায়বা বাহৈসিনা ঐখোয়গী বাখলবু য়াংহং অনিদা মথং মথং থম্মনবা হৌদোকলৌই -হৌজিক্কী মতমগী শৈরেংগী মওং মতৌনা করি, হৌখিবগীনা করি ? 'হৌজিক্কী' হায়বসি য়াম্না এলাস্তিসিটি লৈবা বাহৈনি। শম্না মকৈমুক্ত তেনবা মতম্ভ্রু থম্মনবা য়াম্ম নত্রগা হৌখিবরোমদা লাপথোক্না শাংদোকখিবা খুঁদিং থা চহি কয়াগী অকুইবা মতম্ভ্রু থম্মনব য়া'য়, থম্মনরি। সাহিত্যগুপা মরাম হৌভুনা তৌবা য়াদবা অয়াংবা কলাগী ইতিহাসতা "হৌজিক্কী" বাহৈসিনা শাংনা শম্নোকপা মতম্ভ্রু থম্মনরবা শীজলবা তোয়না ওই। অহুম ওইনমক ওইরিব মতমদগী অহক্কী মতিক লাপথোকখ্রিবা হৌজিক তুংগীদগী ওইরিবা মতমগা অহক্কী মতিক নক্কবা 'হৌজিক' তুনা হেন্না নক্কব হৌজিককনি। অহৈবনা 'হৌজিক্কী' বাহৈসিন কয়াম লম্না নত্রগা নকপা, মতমম্ভ্রু থম্মনবা শীজম্মিব ? শৈরেং থমনা চাউবা অত্তাংহলগী মতমগী শৈরেংশিংগী হদ্দবা মায়বা হংগংপা ওইরুই, থমনা যোতনি টিগী মদুংচম্মা লৌনরিবা লৌখী শীদ্মী লাইব অনং অতোনবসিংদা মীথুংশি উৎপাদ খোং 'মারদবা' সমাজদা পেম্মবা, সমাজবাদকী সুরচেনবা চনি; [illegible] ইনরিবা শৈরেংশিংগী য়াথগ লেংগাদি হায়বা মায় ।: [illegible] মেংপা, কয়েম্মবা, লাত্তবা, থংম চৈনবা,

চিঙ্গা, ইরাং-হৌবা, খোঙ্গাং রাত্তবা অসিনচিংবদ অইবসি মকম্থী ফুদোকপা থোইনা উদে। অইবসিনা অরুম্বা পীশিল্লগা কাব্রি-বাসি লমাই মীওই অমস্তুং সমাজগী মরী. সোসিয়েল মো.রলিটি অমস্তুং মরৈরবাক মরুমদম মুংশিবগীনি। সমাজদা লৈরিবা মীওই অমগী রাথল থবক্লুহিংবা পুন্নংক্তা ওমথৈ ককম সমাজ য়েংলগা ওইগদবনি। মোরেলিটিদা থর য় য়াওবসিনা যথার্থবাদী ওইবদগী আদর্শবাদী ওইবনা হেল্লবা অইবসি পাউত্তাক পীবা অমগী ওমথৈদা কোংনা চোংশিল্লি। মতমগী ঈচেলনা পুন্নমকপু পুথিগনি। অসিগুম্বা ঈচেলদগী মিংয়েং থৈদোকপ ওমদে। হৌখিবা মতমগী লৌংশিং মথাক থরম্থু হিংগংহৌরি। মুংশি মুংচোলগী মচন অমস্তু থেংচিল্লি।

মাগী বিষয় অমস্তুং এক্সপরিয়েন্সতা মবুক শেংলবা অইবসিনা ইমেজরি, সিম্বোলনচিংবগী প্রভাব চঞ্জবা অচম্বা রাহৈ রাত্তাদা মাগীদু কোংদোক্নবা হোংলৈ।

উজ্জ্বল লৈবা এক্সপরিয়েন্স অমস্তুং মচং থনবা কায়রবনি কলাদা নতম পুন্নমক্তা মতাং ওই। রাথল এক্সপরিয়েন্স ১ম্তুং বাহৈগী পোংথম চৈথমদা চাকাত্তবা থেংলৈ। লাইরিকসিগী মাগুনশিং অমস্তুং অতৈ লাইরিকসিনা হায়রসনু। অইবসিগী মথংগী থবকশিংগীদি ঐখোয় খৌরাংবা অপাবনি লাইরিকসিনা অহানবা লমজিং ওইরগা।

মেংথোব বিহারী
সম্পাদক 'চুমথাঙ'
সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং
মণিপুর

# ৱাহৈ শঙ্কদং

অমাংবা ও অমগী মতোল লৈ, অরুবা ঈশিং অমগী মরেপ লৈ, অপাকপা ঈপাক অমগী ঈথম লৈ; পূম্নমক অসিদগী হেনদোক্লুনা চাউরবা পূথী অসিগীসু মহাক্কী অরোইবা লমথৈ লৈ; অদুগা মীওইবগী ৱাখলগীদি অরোইবা লৈতে। মরম অসিদগী, মীওইবনা মশাগী পুক্নীংগী লমাইদা তাবা মখি অদুগী মচুং ইন্না ৱাখলগী ঈচেলসু চেথৈ। শাংলবা তুরেল ঈচেলগী ঈথুংকম লৈবগুম, মীওইবগী ৱাখলগী ঈচেলগীদি অরোইবা ঈথুংকম লৈতে। ঈথুংকম অমদা থুংহৎপনি, কাইদোং হোংবা হেক্লাগী মতৌগুম অমুক অনৌবা ঈথুংকম অম তম্না চেম্বিখ্রনি। মরমদি মীওইবগী ৱাখল নিং-তম্বই, মহাক্কী তাইবঙ পাক চাওই।

অসিগুম্বা ৱাখলগী তাইবঙ অসিদগীদি কবি অসিনা খোমজিন্নকলিবা ৱাখলগী লৈরাং লৈচল থম্ম "হৌজিক্কী শৈরেং" কৌদুনা। শ্রীলোংমাইথেম নরেন্দ্রসিং কবি অসিগী শৈরেং ফুন্দরেং যাওবা লাইরিক অসি কবি অসিগীদি 'অহানবা' থুদোলনি। লাইরিক অসিগী মচুংদা যাওরিবা শৈরেংশিং অসিগী থিম লমদম অসিগী কবিশিংনা ইকরিবা শৈরেংশিংদগী থোইদোকপা অহোংবা অমদি ওইদে, অনৌবা নত্তে। সমাজসিগী মচুৎ লৈরিবা, সমাজসিদা থোকলিবা লৈন্ত-লাইরু, অরা-অনা, পার্টি, মতমগী পার্টি, কমাসিগী মচুংদা ৱাখল থমহনা কবিগুম্বা শকম অম পুথোক্লকপনি। কবিনা উরুবা, থেংনরুবা থম্মগী ইকসপরিয়েন্স ফোংদোকপনি। পুম্নমক অসি ওইদুনসু, কবি অসিগী মশাগী ওইবা মপিথোক অমদি লেপ্তবা ঈচেল লৈতবা নত্তে—অপোইবগী নিংথীজবা থুরেক অম লৈবগুম, ঈশৈগী তপহৎপা তুর অম

লৈবক্তুম, শৈরেংগী কাওছমদবা শাকু অম, থাজদনা তারকপা রাহৈগী মচাল অম। পুন্নমক অপাবশিংনা থংবোগনি, থেংনবা গনি—অক,কত মরেপ-মচাল শিন্নখোরকলিবনি অপাবশিংগী মকমদা। লমদম সিগী পুন্সি অমবু শাগৎলিবা, শেমগৎলিবা, য়াওদবা য়াত্রবা লমদমসিগী শৈরেংগী পোথোক অসি অস্থুরো মতিক য়াম্না লৈজরবস্থ ঐখোয়না 'মসিমদি' হায়বা পোথোক অমুদি থর ওাংই। মসিগী মরমদি ঐখোয়গী ঐ তোংদা চেনথ্রবা ঐখোয়গী লমজিংবা কবিশিংগী য়াহৈগী বন্দীগী চিংথোকপা ছঙ্বা থনৌবা য়াহৈগী বন্দীশং অম লৌংখৎলকরি। অহুম ওইনমক, শৈরেংদি ইদবা য়াদে, ইদবা ছমদে। শ্রীনরেন্দ্র সিংহগী শৈরেংশিং অসিস্থ মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মওং-মতৌ অমদি অহুম্মক য়াওবক্তুম তৌই। মসিন মরম ওইদুনা কবিগী তুংগী থনৌবা খুদোংল অপাবশিংনা শোইদনা ওাইনমি।

শ্রীবীরমঙ্গল—
সেক্রেটারি
রাইটর্স এসোসিয়েশন, কচিং
মণিপুর

জুলাই ১৯৮২ ইং

# মাওফম তাকপ

# ঔ-কারি

ইমা নুংসিদা ইমা,
মীয়াম পোকপী ইমা
হেনমজেদা ইমা।
রায়ে মচা ঐহি
মীয়ামসে উবদা
হায়জনিংঙ্গে করিসু।
লাইরবেদো ইমা নথদি
ওমদেদো থাকপা,
ইমানা মচাশিংসে।
অরাবগী অরাবগী অরাবা,
ফংজবগী ফংজবা ফংদবা,
উরিংঙ্গেদো ঐদি।
লানত্রা য়েংই লাত্রে,
হায়মত্র, য়েংঙি হায়মত্রে,
শাওমনত্র য়েংঙি শাওমনত্রে
তুমিন তুমিন কপ্পে
ঐদি পিরাংঙনা পিরাকনা
থাদা ওমত্রে পিরাংসে।
থাজীয়ু মচাশিংবী পীরাংসে,
মুৎপিয়ু মচাশিংগী পীরাংসে
পাংজগে মচাশিংঙু ইমাগী তেংবাং

---

# পুন্সি

লেপ্তে নংগী খোংচৎ
ঐ নং মা ঙাইদে চৎখি
ঙসি হয়েং হংচিৎ হৌখি,
মিকুপ পুংজা খুদিং চৎখি।
ঙরাং অঙাং, হয়েং করি
অসুম অসুম লেপ্তনা ! চৎখি।
খোংথাং খুদিং রাংঙাং খুদিং,
হোংনা ঙনা চৎখি।
ঙসিগী অশা, হয়েংনা অনা,
মসিমি মীওইবা অদুনা চৎখি।
করি খরি করি রাংপা,
তৌনিং কোজাই বাংতন অদুম চৎখি
চৎত য়াদ পুন্সিমি,
চৎকম খোক্কা চৎম অদুম চৎখি।

অঙাং মাবা ওইরিবৈ
তুংগী মাওগী খঙ্গিদৈ হৌখি।
চাওয়ে চাওয়ে খন্দ মাদ,
বাখল তুমখুল তাদ মাদ।
ইমা ইমা ইয়েবাক,
কপন্থু পিরাং তৈথোকলো
মরা! চায়াম লৈরিমে,
ইমা পিরাং তৈথোক্লমি।
ইমা ইঅরা কোক্লমি,
ইমাগী শিন্নাপাংলমি।
তাতি য়াদে মীয়ক তিন্নমি,
ইমাই ঙনম্থু শক্লমি।
মমাগা মীয়ক তিন্নমি,
ইমাই মনিং খুংলমি।

## পার্টি

পার্টি কনাইদনো পার্টি,
করিগী পার্টি, কনাগী পার্টি,
অঙাংবা, অশংবা, অঙৌবা;
গেরুৱা, মচু-মচুগী পার্টি।
মখল, মখলগী ফিরাল,
ফিরালগী ফিরাল,
পাইহল্লি মনিং তম্না,
মাগী মাগী অপাম্বা,
রাখল, লমজিংনা লমজিংতুনা।
কনান লাইরি, কনান তারি,
অসিরা ঐগী পার্টি,
মাগী পার্টি নঙগী পার্টি।
অয়েক শেংবনা কদাই;
মচু শেংবনা কদাই,
মচু মচুগী রাখল,
মচু মচুগী ফিদম;
ফিদম্না কদাইনো,
কৌথইনা কনানো,
পার্টি, পার্টি!
ফিদমদগী মীশক্তা লুমত্রা?
ফিদম্না কদাই, মীশক্তা কনা?
ফিদমদগী মীশক্তা লুমত্রা?
কৌখিবনা কদোমদা;
তুংগীমা কদাইদা;

কনানা করি থাল্লবা ;
কনানা করি য়েংলিবা ;
গনতন্ত্রনা কদাইনো,
ডিক্টেটরনা করিনো ;
অপাম অপাম্বতা মচৎপা
অসিরা পার্টি, পার্টি ।
লাইরবনা কনানো,
ইনাকখুনবনা কনানো,
কনান রারিব,
কনান নংলিব,
কনাগী মতেং, কনান পীরিবা ।
লাইরব শৌগৎপ কনান,
ইনাকখুনবনা মতেং কনাগী,
পিবা অমগী, মতেং অমমা,
ফুংশিব অমম 'অমবু
হিংশিন্নব অমগা 'মগা
কাউরত্র পার্টি,
কাউফদে পার্টি,
অসিরা পার্টি,
পার্টি ।

———



# "হৌগৎলো"

হে! লৈবাক্কী নহারোলশিং
করিনো হিংব ;
করিনো শিব ;
নখোয়গী নরৈবাকপু কল্লু।

নখোয়নি লৈবাক্কী মেতা
নখোয়নি লৈবাক্কী অফব
নখোয়নি লৈবাক্কী লন।

হৌগৎলো তুমদুনা লৈরিবশিং ;
ঐখোয় খুদিংমক মাংদা চংশিনসি
ঐখোয় অসি লৈবাক্কী মচাশিংনি।

ভরত ঐখোয় গীনি
ভরত কনগদবনি
ভারত ঐখোয়গী ইরৈবাকনি;

ভারত ইমান মঙ্গল ওইরসনু
ভারত ইমান জয় ওইরসনু
ভারত ইমান য়াইফরসনু।

———

# “মহারোল”

হৌগৎলো মহারোল ;
দেশকী অকব তোরো।
        পুন্সি হায়বসি করিনো?
        মাতুগী মনা করিনো।
মহাক্কীনি লৈবাক [illegible]ম ;
মহাক্কীনি পৃথিবী অসি।
        মসিদা ঐখোয় হিংগদবনি
        মসিদা ঐখোয় শিগদবনি।
মাতুগী মনা পিগনি ;
মাতুগী মনা কংগনি।

———

# "লৌয়াই লক্ষ্মী"

য়েংঙু কয়াদা নিংথিজরব লক্ষ্মী,
সুংশিগ্রেদ লক্ষ্মী অসে,
লাঙ্গোলগী লাঙ্গোল ঙাক্তা,
পৃথীবীবু মালহৌনবা থোরকপা।
চৎখ্রি অমম্ভু লাঙ্গোল খুৎতা,
লাক্লি অমম্ভু লাঙ্গোলগা লোইনর,
অতৎ-অখম নৈত্রি লেপ্তুন,
য়েংবদ কনাগী করি রাৎপা।
মচু মথলনি নাক-য়েংঙী,
কনান কনাদ করি হায়রি;
খ্বংলি মাগী মাগী ওন্নব,
তুরি কনান করি হেনব।
শংলি নাকয়েৎ লৌবুক লমহাং,
লেং লেং চৎলি ফৌগী কৌনাক,
রাৎতে মীৎকম কনাগী,
রাৎলি করি য়েংবদ।
হায়নৈ পুক্কে মনিপুরগী,
রাত্তে রাহৈ অতুগী পোন্নবা;
রাৎলি শেম্বীনব অতুগী,
থওজে মাতুগী লক্ষ্মী;
থৱাসি মাতুগী লক্ষ্মী।

---

# "লৌমী"

খোকত্রি দুমিৎ অয়ুক্লা:
করি খারি নংদি তুর্মম।
রো-রো হো হা:
অর-অর টি-টি টি-টি।
চৎলো চৎলো মাংদ,
ঐখোয় নৈরী তুংদ নখোয়ঙ্গী।
লৌরী পাঙ্খোং ফুকতোক্লে:;
নাপ্গী চারা খদৎলো।
মাংদ ষনপোৎ থৌগৎলো:
খুমাং চারা হুনজিলো।
মাংগী লম্বী তানশিলো।
খোংখাং খুলা রাংশিলো,
লৌমী নাগী মখুৎতা;
মীরাম পুজা নৈবনি।
করি অবুক হ্রয়ঞ্জনি;
হায়জিঙাই অবুক নৈতরে।

# থবক

লেম্না য়াদে,
ঐগী থবক।
চহপা য়াদে,
ঐগী থবক।
খোংথাং খুদিং,
রাহৈ খুদিং,
ঐন চৎলি,
মীনা চৎলি।
রাহৈ খুদিং,
রাঙাং খুদিং,
ঐনু ঙাংনি,
মীন ঙাংনি।
পুন্সি খোংথাং,
মীগী খোংথাং,
তুনা ঐন চৎলি,
মীন তুন চৎলি।
ঐ নুংঙাই,
মী নুংঙাই,
মী রাই,
ঐ রাই।
অসিনি থবক
মসিনি থবক,
অসিনি মীগী থবক,
মসিনি মীগী হৌনব।

# নুংশিব

ঐন তম্মীব, ঐন খওবা,
ঐন থাদোকপা, ঐন মাব,
অসিনি ঐগী নুংশিবা।
করিগুম নত্তে, কৈগুম নত্তে'
পুন্সিনি, পুন্সিনি য়েংনদব
হৌনশানি, মহৌশানি পুন্সিগী
ঐন শাওরোই, মীনা শাওরোই,"
শাওকম লৈতে' য়েংনকম লৈতে
য়েংলে শাওর মীগী মাখলনি।
ঐন শিল্লি' ফমব মখোই'
মখোইন নুংঙাইব, ঐমু নুংঙাইব,
মসিনি তাইবং, মসিনি ইথৌ।



## "মীওইবা"

অফবা, অচুম্বা, অশেংবা
মসিমি মীওইবগী লম্বী।
চৎপদ মীন য়েংশিনহনগনু;
ঙাংবদ মীন শাওহনগনু।
অফব ঙাংবদ মখোয়ন শাওজশনু;
মখোইগী মরালনি কনাগী নত্তে।
ঐ মীমি মীগী ফনবা খনবনি;
মখোইন হেনব, চৎপ, চৎচসনু।
শাওরগা মখোইগী মরালনি:
কনাগী দোষনো ঐগী নত্তে।
হে! মীওইব ননিং তম্মল্লি:
খঙসি ঐখোয় ইশান ইশাবু।
করিগী সুংশিনদব নখোয়,
করিগী ঐখোয় খঙনদব ইশক।
ঐখোয়না নোম্বা ঐখোয়গী থবক,
কঙ্গনি ঐখোয় মাতুগী মহৈ।
সমাজদি ঐখোয়গা শেম্বনি:
সমাজগী রাখল থাফদে।

---

# আর, এস, সি,
# উশ্নবদ

ওসি থবোইগী ঈহৌ,
থবকপ শিবুকন্নুংদ,
থাওমদ কোংলিং,
লমকেল পাং।
পোম্নব, পোমলি, পোম্লিব,
মমেক শেংব ভশেংব,
কয়াদ নুংশিব লৈয়াং,
চীংদ মান্দ ভমদ
চংগ্রে মংগী লৈনম,
খিংওমগ্রে কল্লি, মংগী মমম
হায়ম্ন লৈয়াং কৈদ চংগ্রে,
মিওমহৌগ্রে শোয়লৈ,
লমকেল নরা কোম্বীরৈ;
ওয়-শায় কাউদলে;
কয়ি নুংগী শাংলুব,
কাউদ লৈরি লৈয়াংও!
লৈয়াং মংগী য়াবদ,
লৈয়াং মংবু ওাকপদ,
ঈশাই পাজল ইয়েংভা,
ঈশাই মরুপ মপিজা,
থবোই লাংভক ঈথিয়রে,
মিংলুই পিয়াং ঈকুংনরে,
মিংলুই পিয়াং ঈহৌনরে।
হাদ লৈয়াং লৈন্নুংশি,
নুইয়ে শিদ্বা শিন্দমব,

লৈরাং কঁরি রায়ৌব,
থমোই পিবুক পিথুপন্নু
নরুপ নপিজা 'খোয় লৈনে।

লৈরাং নংগী থৌরাংন,
তাইবঙ মীওই পেন্নরে,
করি থমোই ঈথুপলি,
হায়য়ু লৈরাং শকহেনবী,
নতম য়ৌরে খোংদারো,
নংগী থৌরাং য়েংলরো।

করি পুক্রিং পেন্দব,
শিখ-মুখ পূন্নসু,
থমোই ঈরাং ঈহৌন
কায়র থমোই ঈহৌনি,
কায়র থমোই হাংদোক্ল,
লৈরাং নংবু নিংশিংলি।

নৌনা লৈশাং তম্নরো,
তাইবঙ মালং পানসিদ,
মপুগী খুৎশেম ঈয়োইনন।

---

# খোংথাং

কয়াদা নুংশিজব ঐনা
খোংথাং খুদিং মখোয়গী
লৈরি ঐহাক নখোয়গী
চৎনুই কয়াইদসু ঐনা
চৎখ্রে, ঐনা।।
তৌইগুম্মসুং পোৎথাদে ঙাইহাক্তুং
চৎলি মীপুম খুদিং
লৈরি পন্থুংফম নখোয়গী
পুরক্কনি কাম্নফম মাতুগী।
চৎলো মারিয়াং,
মাতুগী তাফব পুরক্কনি।
ঙসিগী নহা,
হয়েংগীনা অহল;
ঙসিগী অহন
মাংখিনি হয়েং।
লৈহৌগনি মখোয়গী নিংশিং খুদম অহনশিংগী,
য়াম্নবনি সমাজসি অফ-ফত্তু;
তাবিরোই ওইদবশিংগী ওইদ রাঙাং,
মতমগী খোংলোই ঈরোইনন,
কুইরোই সমাজদ ওইদব নমথাক,
মাংখিনি সমাজদ ফত্তবা পুম্ব;
মতমগী কল্লব ঈরোনদুংদ।
পুরক্কনি অফব নহারোলশিংনা,
হায়গী অফব শরুক্কা ঈরোইনম,
য়াওগনি মাত্রদ অশেংব ঈপোম,
ফংখনি মনা মাত্রদ অশেংব।

# মুগা

ঙসি,
হয়েং,
হংচিং,
মোংমত্তা লেপত্তে,
মতমনা চংখি।
ঙসিনা অনা,
হয়েংনা করি,
হংচিংনা কনাই,
খোংথাংসু লেপলোই।
মীওইবগী খোংজেলন লেপপ্ররোই,
রাহৈগী খোজেলসু লেপপ্ররোই,
থাংখিব খোংথাংন হল্লক্ররোই,
ঙাংখিব রাঙাংন হল্লক্ররোই,
তৌইগুমসুং লৈরি নিংশিংব অমত্তদি
মীওইবগী ইতিহাসকী চেনাদ মমেক লানা।
খুজং, সহর, প্রদেশ,
দেশ, জাতি হৌখি কনা।
মথং মথং লেমাইদন।
মখোইগী মনি,
মখোয়গী ইতিহাস,
চেংখি অতংপা লৈত্তনা,
মতমগী ঈরোম্বুদ থাম্বা মাদনা।
অসিবা শকন
অসোবা মাওন,
অকিক মুখ,

চুমদব করা
চৎখিনি লিশাং শিংনা।
অরিব ইতিহাস
অনৌব ইতিহাস
শিল্লবনি, মতমগী
ঈচেলদা তৎতনা
অরি-অনৌ।
অরিব যুগ,
অনৌব যুগ,
অরিবগী মতম,
অনৌব,
পুরকপনি,
মতমনা।
চৎগ্রসনু অরিব কয়া,
লাক্লসনু অনৌবা কয়া অয়া।
লাক্লসনু :
অনৌব, অচুম্বা:
অশেংব, অফব :
শান্তি, মরিক, চুম্ব :
আশাতন কুয়োম্লব
যুগ।

কন্নি খল্লি মংগী থৌদাং?
কনান গাড়ী,
কনান রিক্সো,
কনান এক্কা,
কনান বস,
কনান মোটোর,
কনান জীপ,
কনান শংবাই,
কনাল শীংখোং,
কনান মাগী সাগী,
চৎলি লেপ্পা লৈতনা অতৎ-অথম।
পীয়ু মংন প্রজাগী লমী
থাকউ মংন মরাম্গী চৎফম।
চৎসনু সুংঙাইনা যান্ত্রিক খুদিং,
কংসনু সুংঙাইবা যান্ত্রিক খুদিং,
ওইযু অপোকপা লমী মচুগী।
পেঙ্গগে মচা 'পুক্নিং,
থুংহনবীয়ু যান্ত্রিক ঐখোয়গী অপা'বা,
পীনবীয়ু থৌজাল ঈশ্বরনহু:
মাঙগে মতৌ ঐখোয়গু পোকচা।

# শিল্পী

চুমাং চুমাংদ লেপ্তুরি
চুখি ঐখোয়দি ঙাইহক্ত
য়েহৌরি নংদি লেপ্তুনা।

নখুৎকী চুমাং খক্তরি,
কদাই নংগী মুংথংদো,
মুংগ অাইনব খুৎলাইদো।

তেক-তেক খোন্থাংগ য়েনব
মুংশা য়েশা থাঙমদন,
মোং কৌবরা চুমাংদ।

নংগী থাংগোক চৈমপয়রীগী
উনাদন কুম্নবা শেগাইরব
চন চন মেংলমলি।

লৌরি অরাব চৈথেংদু,
মাওরি অরাব মখোইসু,
অসিরা নংগী পুন্সি?

চৎলি গাড়ীন গদক-গদক
চেল্লি ইঞ্জিনন গদং-গদং
খঙথি মখোইসু কনানো।

ইথুং মতম য়োরক্রে,
অতিয়াই মঙাল তাররে,
তনিক তনিকলে খমোইদো।

অরাপ্পা অামহৌরব থাংগোক,
মচুই রাখলন নমথাক্তুন
অসিবা চৌনবী [illegible]।

রাখল লমজিং লমজিংনিংঙাইনি,
লৈশংগী নুমিৎ খুজিংগী
অমুক য়েগ্নিং হন্দনী।

রাখল পোহাই হাপ্লিবী
মণিপুর ইমা-ইবেলশিং
কৈথেল মচি কাদিনক

মোংমগী শিদ্বা তাক্লিবা
অরা কুমথৈ কোক্তরি
পিরাং পিকম মুৎতরি।

মণিপুর চনুরা ইমাশিং
নখোয়গা বারী কাউদেদো
শোংমগী কুমজা লাকপদু।

নুকমাই নুকথেল মখল-ন,
চৌংগী তঅমগী ময়াক্লি,
শেন্দোং শেলহাপ লেকপানি।

পোৎহাপ পোৎথেল নাইবনি
তরা নুকোই লাংনব,
নখোই বারা কাউনরোই,

নুমিৎ শিংবুম লৈরিম্রথে
মণিপুর ইমান লৈরিমথে;
বাক্স বাক্স ইমাখোই।

মণিপুর মিংথৈ হাজীশিং
নখোই ই পিরাং মুৎলনি
চারোল শুরোল লিননি।

চৌংগী তমগী চনুরাশিং
খাংদ কিশি লাক্লিবী
তরা নুকলেন খিরিবী।

রাখল লৈথেৎ কারিবী
মাংবী ফুংগী খক্লিবী,
খুরুম্না তোইনা হক্লিবী।

মণিপুর ফিজেৎ পিরবা
লৈশি লৈপোন হাপিবী
মনিং থুংদে পিরাংবা।
যুমলোর লমদ শকথেনবী
মণিপুর শক্তম উৎলবী
মফু মরাং হথেনগী
কংজা খুদিং পোৎহেনবী
ন.মাগী শৎম মাংদরি,
নংগী পাগী চারী লৈবিদ্ধো।
অন্নর চাকগং তেংবাংলি
নিত্তি অমিৎ খুদিংগী
কৈথেল পোৎশাং পে ইয়োক্তি।
মোংউ অমক কৈরবন,
হুক চাংথুং মানুংদ,
উরুদ রারুক শাউদুন
খুৎশু শাংলেন পাইত্তুন,
লোংজু ঈচুম পান্ত্রোও
য়েনিং হুন্না লাক্তিরিউ,
উলেন পাশিং ওানুংদ
নুংগাও টপান কৱগা।
চহিগী শিল্প শিল্পমহৈগ
থমোইগ লাংতক লাংতক,
যুমগী রাখল লমশাং থা।
মপিজাগী রাথল মাংদ থা,
য়েনিং থাবু ঙাইত্তুন
থনক শিলং শিমপাংই
মপারী কয়াগী বারিনি।
কাংলুপ কাংলুপ মচ.হাইগ
নম্বো পোৎথাং পুত্তন,
কোয়ৌ মঙালন কৈরিউ.

হকচাংগী ঊরিক খিকথম,
য়োংলেন মথৈ লোয়্রগা
লোংলগী চয়া ভয়রি।
লোঙাই শুদাই কিজেহন
উকুল রাইফুল লাংদাইরগা
তাইবং জীবন হিংমরি।
হায়য়্ শিল্পী শিনপাংব,
মংন করিগী পোক্রুব?
বিখিন অম্বুম্মা লোংজম্বরা!
য়েংউ সজর খুঙংদ
সরক কোমা কোনাদ
অচৎপগী খোংদদ য়েংলিব,
মিৎকী মিৎমৈ চোকথম,
কমাব্ মংন কৌরিবা,
ওসিগী শেম্দোং ফংলব্রা?
অয়ুক মতম লেনথরে,
মাগী মতম য়ৌথরে,
লৈজ পোৎশক শেৎথরে,
মুর মৈথুগী মপেম,
অতিয়া মকোইদ পাইথৎলে,
খোংথাং লৈন হাইগৎলে,
কারখানা ভম্ম পাংথরে
হুইসটল হুইসটল মখোলন/
মাকোং মৈন নিলথরে
নংগী খুৎথেক খুৎলৈন,
মীওই পুম্ব পেলহলব্রে,
নংগী হমাংমল কংলব্র?

## ধর্ম্ম

অফবন করিনো,
ফন্তুবন করিনো,
কনান হায়ব করি,
কনান লাউব করি,
চহ্‌পনি অপাম্ব, মাগী মাগী,

করিগী হায়রুব, করিন ঙাংসুব,
কনাগী মতিক কনান নৈ?
ঐস্যু, মাসু, নংসু মীনি,
জগৎন খণ্ডনব মী,
অমহানি মীগী মী।
মানা ঙোই, মানা মুই,
মান্নবনি মীগী মী।

কনাগী ধর্ম্ম,
করিগী ধর্ম্ম,
পম্বুংদি অমত্তনি,
খেন্নব নৈত্তব।

কনান হিন্দু,
কনান মুসলিম,
কনান খৃষ্ট্যান,
কনান শিখ,
কনান ইসাই,
কনান করি ধর্ম্ম,
অমত্তনি অমত্তা।
থরন মুক্তি,
থরন নৈত,
নৈবন ফজাই,

নৈতবন কদাই,
পদ্ম্‌ংফমদি অমত্তনি।

ফিজেৎ খৌয়ে,
শমখাক খৌয়ে,
রাহৈ খৌয়ে,
রাঙাং গায়দে।
চিঙ্গাক খৌয়ে,
লোল গায়দে,
পুক্লিং খৌয়ে,
লিচৎ খৌয়ে,
ধর্ম্মদি অমত্তনি অমত্তা।

জাতি কয়া, বিজাতি কয়া,
দেশ কয়া বিদেশ কয়া,
লক্ষী তোঙাজবত্তনি,
লমথুংফমদি অমত্তনি।
ঈরোং কয়া ফাংলবস্থু,
ঈথুংফমদি অমত্তনি,
সাগরস্থু অমত্তনি,
ধর্ম্মস্থু অমত্তনি।

# নিংশিংলুবক

চৎখি মতমস্থু মাগী লেপনাইদ্রব খোংথাংদ,
ঙাইরমদন ঙাইহিক্ত তাইবং মাওই কনাবু:
চেম্বখি তুরেলগী ঈচেলস্থু লেপ্ত পন্দম,
মাগী থেক খোয়রব— অচম্ব লমদাং ইল্ল।
শরত, পুর্ণিমা, বসন্ত ঋতু, নিংশিং লু মৎ কয়া,
লাকই, হৌখি, চৎখি, মথং মথং
য়েংলমদন হল্ল তাইবং কনাগী অরা-অনা অক লুংঙাই,
থল্লম্ব নত্তন কাউরোইদ্রব নিংশিং খুদম - তুংগী।

অত্তবু: মুৎনাইদ্রব কল্লব থমোয় ঈহৌ অম,
লৈরি খোঙ লেংদন থমোয়দা মতম চুপ্প:
চেম্বখিদ্রে তুরেনগী ঈচেলগ ঈরোয়নন;
চৎখিদ্রে শরত, বসন্তগ লোইনন।
থেংলরি চৈথেং কল্ল— ঈহৌ'সিন চিক্ক— তৎতন
থুল্লব ইংলব থমোয় মজুংদ— মজুংদা চৈথেং কম্ম;
নিংশিংহল্লি, উহল্লি, ময়েক লানা,
দৃশ্য কয়াত্থু চাংজৌ নাইল্লব রাখলগী ঈপাক্ত

নিংশিংহল্লি: ঐগী আশা মাগী অনিংবা
অতৎপ লৈতে মিলনগী মতম;
শেংলব থমোয় অনি মফম গতম নাইদন
রারিনৈ অতৎ-অথম লৈতন
অরোনব মিৎয়েং, মোমোন-মীনোক
তম্লিব খোঙথাং, লুক্কপ মায়থোং,
হায়নিংব চিনবান ঙাংথোকপম ঙমদ,
য়িখি রাহৈ কম্ম পামজন।

নিংঙমদে মোংম : পিখি খোঙেল য়াওদব রাইহ লোম্ন-থুম্ন
খাংঙবখিদে পেন্দবম থগোয় রাখল মহাক্কী
মুমিদাংব্রাই অরাব ঈথক ঈপোম, নোংলৈ মুংশহন
লেপহনখি আশাগী লেংব্রব ঈচেল মহাক্কী।
পিরবত্তদ রাইহন অয়েখ্ন পাউখুম
পেনগনি ভনিক্লনা থমোই মাগী ;
পিরাংতন কুপ্পর মায়থোং মাগী হরাউ মীনোক উৎলগনি ;
পাইথ্রনি থাম্ন অরা লৈচন মহাক্কী।
নিংশিংলনি : অনৌব আশাগী মুরন ঈফুৎ অম ;
শেংদোকলখি খঙহৌদন আশাগী নোংহৌন :
মতম কুইন মমলুরবা থমোই অভিয়া মাগী ;
অনৌব রাখলগী মেংলব মঙাল কাউরনি মঙোন্দ।
মাগী রাখল আশাগী মগি তারনি ঐঙোন্দ ;
নিংশিংলকই অমুক হন্না ঐগী মাগী হৌব্রন ইতিহাস
নিংঙমদে খাংঙমদে কাউংমদে থমোয়ন,
খোঙেল নৌম্ন থোক্ল খোম্থাংন লৈতেংলব রাকে
পিথোকখৌ ইনশিন্নকই তৎমা ঈহৌসিন ঐঙোন্দ।
তাহল্লনি : থমোয় বীণাগী তারদ কুইনদগী ঙংলকলব,
স্বর-ছন্দ-তাল চানরব প্রেমগী শৈশক শৈহেক,
মীচিক মীরাউখোল তাব্রব প্রকৃতি ইমাগী লৈকোন্দ।
মিলন ওইরনি, মীকুপ্ত থমোয়, আশা, রাখল,
মপুং ফারনি, মরিক চুন্নি, খুদক্ত প্রেম কহানী,
শন্দোকখিনি মালং ঈথক ঈপোমন প্রেম কহানী,
তিনখিগনি পাক্লব প্রেমগী সাগরদ প্রেম কহানী।
অনুবু : করিগুম্নদ ! তাইনঙ মীওইবগী করিগুম্বা ঈচেলন,
অমুকম্ন ! য়েংলি, খামলি, নেমথহল্লি, ফাজিল্লি কম,
লেংলোইদ্রব, মাংলোইদ্রব, মুৎলোইদ্রব, চৎলোইদ্রব,
মতুং ব শেংলব, কম্নব থমোয়গী ঈহৌসিবু।

# তাইবংগী ষ্টৈজদা

অন্না-মুংঙাই তুংনফম
কল্লা-নোকপ পুন্নফম
মরুপ-য়েরুব থেংনফম
মুংশি মুংওন থুংনফম
মীওই পুন্সিগী চংনফম
পুন্সি ত্রাংমা শান্নফম
পাক্লব তাইবংগী ষ্টৈজনি।

পিরু অঙাং মারা মতম
মমাগী তম্পাক থক্ত শান্ন
খোয়াং অম্বত চুপ চব
হরাউ মোমোন নোকচব
থল্লিনৈঙদ নোকচ খেজব
লান্নগ য়েৎচব মমাদ
কপচ লাউজব ঙেং ঙেং।

কাংগাম চাউরকপ কাল
লাক্ল ফান রারকপ
শন্থি শল্লোক ঙম্নকপ
খংন-চৈন কোজায়'ম
লাক্ল ফুন খান্ন রা'
লাউন খোংন অমগা'মগ
রাজব চাউরপ পুন্সি।

চাউরপ শাংলপ তাংকক য়োরকপ
মহৈ মশীং থৌদাং কয়াগী
শান্ন খোংন মরৈ য়েৎপগী
রাৎপ হেনব হিরম কয়াগী
বুদ্ধি লৌশিং চাংয়েং কয়াগী

কদোম্দ চৎলে ফগব
খনল মী ময়াম্না তুংগী পুন্সি।
হৌখি নোংম্ তোংম
লাক্লি পুন্সিগী চিরু লমখুংদ
লেপ্লাইদব মতমগী তোর্বান্দ
খাম্ব ঙমদন মাগী লমদাংদ
খল্ল খল্ল রাখল লমচিং
খন্দৈ রাখল পোত্লেপফম খঙলে
কায়দন চৎখি অসুম্ন পুন্সি
করিদ হৈজনব, করম্ন দিন্নয়
চৎখি মাগী অপাম্ব মায়কৈদ
চৎলুব লোইরে খল্লব নৈতন
ফংগনি খল্লি চানব অত্তু
ফংবদি ঙমদে অপাম্ব অত্তু
ফংলে ফংলে অপাম্ব অত্তু
অসুম্ন হৌখি লেপ্তুনা চৎখি।
পম্বুংদি নৈত্তে অপাম্ব অত্তুগী
লাক্লে অমম্থু মাত্তুগী তুংদ
পুন্সিগী ঈচেল্লন লেপ্তুনৈখে
করিগী পোক্লুব তাক্লিংদ ঐখোয়না
কদাইদ চৎগনব ঐখোয়গী লমখুংব
কনাদ্না কদাইদ করম্ন পার্ট
কনানা থাক্কপ পৃথ্বীদ ঐখোয়বু।
ঈশাগী রাক্সন্ন কনাইনো?
ইরমদমগী রাখল্ল কদোমদ?
ইজাতিগী ফিবম্ন করিদ?
ইরৈবাক্কী মতেংন কনাক্সা?
পৃথ্বীগী রাকম্ন চৎলেব কদোমদ?
মীওইব জাতিবু থাজৎপ করম্ন?
অসিনা তাইবংগী অশেংবা জ্ঞানা।

# মতমগী চৈথেং

মতম ! কনখ্রে নংগী চৈথেং
কদাই মতম চৎখ্রে কদাইদ !
কনাবু ঙাইহরি নংনা, কনান খামলিব নংবু।
লৈতে-শক্তি কনাগী, ঙমদে কনাস্তু।
চৎলি নংদি চুমজিং নংগী লমদাংদ।
খংদে, উদে, তাদে নংদি তাইবংগী ইতিহাস:
জগৎকী রারী।
শরুক য়াদে কনাগী হরাউ মিনোক, অফ মুংঙাই,
মিকপ-নাহেখোল, অরা মৈশা।

খঙদে নংদি : কনাম মুংঙাইরি,
কনানা রারি,
কমানা চাউরি,
কনানা পিকলি।
লৈতে নঙোন্দা—
মিহোব অচোব কমগী
কিরুদে হম্বব থাক্তী
নোমুদে সাশন খুর্জি জাতিগী
পামুদে কৈদম্তু মাতুগী মনা।

কল্লকউদে নংদি : কনাগী মিংচৎ,
কনাগী লম্মুম
কনাগী পুক্নৈ-লনচৈ,
কনাগী জ্ঞান-মহৈ
কনাগী অরু-অচৈন,
কনাগী জীব-কার
কনাগী ফুরা দলান,
কনাগী ফজ্জ শক্তম,

অতুবু উত্রে মংদি: তাইবংগী অওনব খোংজেল,
অওনবা সমাজ,
অওনব চৎনবী,
অওনবা ধর্ম্ম,

য়েংউ মতম: চাউরব সহরগী কৎরা দলাল,
জীব, কার, মোটোর, ত্রেন,
বেংবেং বোবো নিলখোংব,
চীক্লা চাইনা ঙমদ মীয়াম,
কনা'মনা লুর মাল্ল ফিজেৎ,
পৈশাগী মখোলদ খ্যাও খ্যাও;
লুংঙাইবনা অরা খঙদ
কয়াদ লুংঙাইবা!

অতুগা: সড়ক মচিদ মচিদা,
কয়া অমসু পৈশা পৈশা,
পৈশা অমত্তা পিয়ু,
পৈশা অমত্তা পিবীয়ু,
মোৎলব ফিজেৎ শেগাইরি শেগাইরিবা,
মোৎলব মীওই কয়াগী মিরবা খোঞ্জেল
চাব ফংদবগী শোক্ষাংলন,
পুমনিল নিলখ্রিবা সহরগী আকাশতা,

য়েংউ অমুকসু মতম: তাম্ব লৈথ্রব খুঙংগী দৃশ্য!
পাক্লা শন্দোকথ্রব লৌবুক লমহাং কয়া কয়া,
শাংনা তাখব চীংশাংগী পরেং পরেং,
খুলগী প্রজা পুমনক
নোংজু লুংশা খাক্ত
অয়ুক লুংথিল নাইদ
ছমাং তানা লোমলিবা
অরা-অনা কিদবা
কয়াগী মতিক জিংখিবা।

অহুবু: সহরগী মচি মচিন,
চীং তমগী খুজং খুজংদ,
তাম্নিবা চাকথুং কিথুংদগী খোল্লাও
কদাই মখোয়গী হুমাংমন
চংঙ্গে কনাগী পোকেংত
চংগ্রবা মিদলনেন বক্তিকেসামনগী বক্সিদা
অসিরা মতম নংগী থোরাং!
মামহল্লু লায়র মুংঙাই অনি।

তাদ্রমাল্লে মতম নংদি: বিদেশী লৈবাকশিংগী চাউথং খোংথাং
বিজ্ঞানগী মহৈ মশিং,
এভোমিক ইনরজিগী শক্তি,
সেপস ভয়লীগী সকসেস,
মখোয়গা মুংঙাইবা পুন্সি,
রাংত পাদব, হৈদোই শিংথোইরদা।
লৈহৌরে মতম, ভারত ইমা, মণিপুর ইশাদি
শোথহৌরি হিরম খুদিংদা,
তামওমখিজ্রে অভোগ্ন বীদেশীশিংবু।
নিল্লি হৌজিক্তি ভারতকী আকাশ থুংন,
চাব কংদবগা শেংপ থুংদবগী,
য়ুমলৈ কৈর কত্তবগী লাইয় অনং
মুংথংতবগী, থাক মান্নদবগী
ময়েক লারবা খোজেল।
হে! মতম কোকহল্লু পুন্নমক'সি
পেজগে মণিপুর ভারত মচা
ঐখোয় পুন্নমক্কা।

---

# ঐন নিংশিংলি নংবু

ঐনা নিংশিংহনি নংবু
ঐনা উম্রি নংবু ভংহনা
নংন চৎপ, নংন ভাংব নংন য়েংবা;
নংগী অচম্বা মীমোক, অচম্বা থবোই,
লমাদ লুংশিনবা নংগী রাথল।
নংন পাময়ই ঐবু উৎলব;
ঐন পাময়ই নংবু য়েংজবা;
নংমক পাময়ই, তাব অচম্বা কহানী।
থওই নংগী থবোই ঐন
থওই ঐগী রাথল নংন।
নংন খোক্রকপ পুক্নি লপান
ইকাইবা ঐবু উৎপা
নিংশিংলি, কপউম্লি, কপউমলোই।
পাক্লন সংলাংমসীগী ঈপাকনি থওই নংন
নংন ওইহল্লিংই ঐবু হিনাও শাব,
ঐন ওইহল্লিংই ঐগী হিহোনবী।
অকনব সোংহৌদ লুংশিনন হুদুন,
হোন্দোক্লুরে হিদি সমুদ্র মপান্দগী
লাপথোকখ্রে ভাওজুনা মাইকৈদু
অতুবু: নংনবু লাক্ক নৈয়বদি, ভাওজনু মাইকৈদু
হোন্দোকখিসনু নোংদৌ লক্ক হিদু।
পেংলব অহিং মীচিক মীরাউখোল তাদব,
হেন্না নিংশিংহল্লি ঐনা নংবু,
নংগী খোংথাং
নংগী অচম্বা মায়থোং,
নিংশিংই চৎলুব য়েংলুব মফম থুদিংদ।

নোংমস্থু উখি নংবু ঐন
মুমিদাংবাইগী মতমদা ঈশিং শোকপ তুরেলদঃ
নংন খংপ্রেক খংখি ঐবু উবদ।
হায়খিদে করিস্থু মঙোন্দ ঐন,
হায়নিংবদি য়াম্বনি
নোংমস্থু চৎনিন্নখি, বসন্ত ঋতুদ ;
অথাপ্প মকমদ নংগ নোয়নন।
নিংশিংলকখি নংবু তৎতন ॥
খঙই নং ঐবু পামই,
চন্ন ঐবুদ ;
ঐস্থু মাগ্নৈ নংগা।
অত্তুবু ফোংদোকলমদন পুন্নমক
অচম্বা ওইরি রারুন্দু,
নোংমদি শোয়দন লাকনি মতম,
ঐন নিংশিংলিবমখৈ নংবু।



# হুংজালিংরই
# রাছুং খারদং

১

করি চংলি, করি তরি?
ঐন হুংনিংই, হুংঙমদব,
হুংকম থোকপ
হুংঙমদবনি।

২

অতুবু: কদাই নংগী খোংথাং,
ঐন খওনিংই, খওঙমদব,
খওকম থোকপ,
খওঙমদবনি।

৩

অতুবু: কদাই নংগী অপাম,
ঐন পামনিংই পামঙমদব,
পামকম থোকপ
পামঙমদবনি।

৪

অতুবু: হংগু নংগী রাহং,
ঐন খুমনি, খুমঙমদব,
খুমকম থোকপ
খুমঙমদবনি।

৫

অতুবু: থিমু নংগী লম্বা,
ঐন তাকলি, তাকঙমদব,
তাককম থোকপ
তাকঙমদবনি।

৬

অতুবু: চৎনু চৎকম থোকপ,
ঐন চৎলি চৎঙমদব,
চৎকম থোকপনি
চৎঙমদবনি।

৭

অতুবু: তম্নু তমকম থোকপ,
ঐন তমনি তমঙমদব:
তমকম থোকপনি
তমঙমদবনি।

৮

অতুবু: থঙঙু থঙকম থোকপ:
ঐন থঙলি থঙঙমদব:
থঙকম থোকপনি
থঙঙমদবনি।

৯

অতুবু: শেংঙু শেংকম থোকপ:
নংন শেংগনি শেংঙমদব,
শেংকম থোকপনি
শেংঙমদবনি।

১০

অতুবু: পিনি মপোম্বগী নত্তেং
ঐন পিনি পিগদব:
পিকম থোকপনি
পিঙমগদবনি।

শেংলব, নুয়ুব, শংবায়ময়ব অভিনা
মকোইদ, অমকপ, লাংশিনব,
থরামমিচাকম শাখি ওইরি'খৈ।

মিকুপ পুংজা, দুমিৎ, ঋতু খুদিং,
বসন্ত ঋতু রাজনা
খোংদারকপগুমদ, খল্লি, মিংই।
লৈকা খুদিং, হৈপাল খুদিং,
হৈরাং-লৈরাংন অরাৎ অথম
লৈভম লৈশাৎ ভবগুমই :
ভয়াং-ভয়াংই মকা লামই
মভম অদু।

---

# মনিপুর ইমা

মাইকৈ খুদিং লৈশাংতম
য়েংখি 'পুম্ব অরাং-লৈত
মনিপুর প্রকৃতি শোয়-লম।
তমদ য়েংই রাংত-লম
চীংদ য়েংই রাংত কংদ
মনিপুর ইমা শোয়-লম।
চীংদ হায়র থেক্কোই নাকোই
তমদ হায়র অতুমগাই
মনিপুর ইমা হায়মগাই।
য়েংউ য়েংউবদ হোংগদ
হায়নিং হায়নিং হারওদ
মনিপুর ইমা কৌনিগাই।
চহি তরেৎ খুন্তাকতৈ
অরা তেঙ্গোল সেনাবু
গম্ভীরসিং, নরসিং, মপারীশিংগী
থৌর লাম্মী তেঙ্গোলন
বিষ্ণুপুরগী লানফমদ
পিশি অরোইব মাইখিব।
বীর টিকেন্দ্রজিৎ লিংজেল'ব।
থাঙ্গাল জেনেরেল অথৌব
ইমা মংগী মপারীশিংনি।
অতুতৈ বৃটিশ লাম্বেংদ
খোংজোম লানগী লানফমদ
পাউনা ব্রজবাসী, মেজোরগী,
মনিপুর অওম অথৌগ
বৃটিশ লাম্মী কাংবুগ
অওকপ লাম্বেং শোক্লখি।
খোংজোম তুরেন ঈচেলদো
ঈনা ঈখোং চেনখিব
লৈরি রারী অথৌ'শিংগী।

চীং-তমগী মীরক মরক্না
নৈরি রারী নপারী মমোম কয়াগী
নিংশিংনরি অথৌবীশিংগী লুপী লুমিৎ।

চীংলোন চীংলোন কয়াদ
নৈরি খুজং সহর মচা কয়া'ম
তাম্না তাম্না খুন্দারিব।

চীংশাং মাপোম মাপোমশিংদ
নৈরি অপিক-অচৌ লন্বী কয়া
মিৎকী মিৎকম হোংঙমদন।

শেন্বী শাবীবগী মিৎয়েংদগী
থাপ্ন নৈহৌরব লমদমশিং
পুক্নিং হুনিঙাই হুনিঙাইনি।

অমুক নৌন য়েংখিবদ
চীংশাং মাপোম মচিদ-মচিদা
ঙাম্মোইরি নৌহৌরব সহর মচাশিংনা
মুনা মুনা য়েংহৌরি
অচৎ অওক কয়াশিংদ
অনৌব মিৎয়েং ঙাইহো ঙাইহোন।

চীংমুং মামুং মমুংদ-মমুংদা
তারি পিক্রব ঈথোংশিংগী ঈনিলথোল
ঙাইহৌরি মথোইন অনৌব খুৎশেম।

ইমা নংগী প্রকৃতিগী থৌশিল থাদ
হোহৌরি উপাল রাপালশিং
অনৌব মতমগী রাওল পামজন।

ইমা নংগী তমপাকসিদ
কুমহুন অমুক য়েংলসি
উগনি সহর অচৌ মচা, খুজংশিং।
অকোইবদ উন্নি পিক্ল

চীংশাং চীংশাংশিং অমকখাদ
লোইরোইনরি ভঅগ-চীংগ অমিম।
খুংশেম হৈরল কমগী
নিংথিরব হৈশিংলব খুংশেমবু
ঙাইম ঙাইম লৈহৌরি।
য়েংউ ইমা পুকফকী
পিক্ল ইমা ওইরস্থু
লেংত্রি মমাংঙৌমী খুবমশিং।
মণিপুর লৈময়োল লৈপুংগী
ইমাগী খুবমশিং মুংতরি
কুমজা কুমশিংদ লৈহৌরগনি।
চহি কুমজা খুজিংগী
লির খুবমশিং মিংশিংন
হরাউ জগোই উৎনরি।
চীং গুমগী নপারী নমোমশিংন
খুৎলৈ খুৎথেক চানন
ইমাগী লৈজ খুবমশিং শিংথারি।
রাস-লীলা উৎতুম
ইমাগী মিংথৈ হাপকৎজি
মীরৈবাক লমদ শকখঙনরি।
নপারী নমোম কয়া লৈ
ইমাগী মিংথৈ শক্লাইলৈ
ইমাগী পিরাং তৈথোক্লাইলৈ।

---

# চৎলো দেশ নেতা বাপূজী

দেশপু লমজিং পিরমগা রাহৈ অমদং হায়রমদন
চৎখি নদোম বাপুজী।

নংগী লমজীং মৈয়া ঙসি ইল্লি ভারত বাসিন
রাম্নু বাপুজী অথোইব॥

কোংদোক রাহৈ লমখাংদৎ রাহৈ লৈচন লৈচাশৎ
খঙলে বাপু মীথোইব।

জাতি বীজাতি খাইদব মীচং শঙ্গন খাইদব
অচান মীয়াই নাইদব॥

য়েক্ত ভীংখং থমদব মীথোই মীহেন পামদব
অমীর-লাইর মায়হল্লিংব।

দেশকী স্বাধিন পিরম্ব ধর্মনিটি খেন্নহন্দব
ঐগী মীগী খন্দব॥

লৈবাক্কী বুরজ্রা মুথৎশংব লাইর-অনং শোগৎনিংব
চৎলো দেশ নেতা বাপুজী।

নংগী অহিংসা মম্রন বৃটিশ থমোই পেৎহনব
ভাইবঙ পুম্বম খঙনরি॥

মম্রদ শৈরোল হাপ্রন শৈহেক চুম্ন শকখিব
ভাইবংদ নংগুম্ব পোক্তরি।

লোংচুপকী মীয়মলেগুশিংদ মীয়ৈবাক মচা থৈবীক্ত
নংবু মিংথোনখি এক্সত্রা ওরদিনারী ম্যেন॥

বৃটিশ ভাম্বোকচৌদ নংম কিগাও য়াবদ হাপখি লৈজব সনা
ভারতকী নারী কয়ানা।

নংগী লমজীং মখাদ জালিয়ানবালা বাগকী মীকমদ ভারত বাসী লিশিংদ
পুল্লি কয়া পিখন্নখি॥

সরদার রাজেন্দ্র, জৱাহরলাল, নেতাজী, জয়প্রকাশ, লোকটিলব
মোরাজী, লোহিয়া, শাস্ত্রী, কৃপালিনি, জীনা, অবুল কলম,
সরোজিনি, ইন্দিরানচিংব নেতাশিং লেনখি জেলদ।

খুদিরাম, ভগতসিং কয়ান কংখি সহিদ মিংথোল
কৎখি পুন্সি মরৈবাক্কী॥

লোংচুপ লমগী মীরৈ'চানা বাপু নংবু মিংথোমখি
হাফ ফ্রেন্ড মোক্ক হায়না।
নংগী চয়ব ফিজেৎন তাকখি ভারত মচা ঐখোয়া
চাকথুং ফিথুংদ পুন্সিশিং॥

ভারত বাসী কয়াগী তুংগী লক্কী পিনন
হোদোকখি বেসিক শিক্ষা ভারততা।
লমজিং মৈরা ও অপোইব লমজিং নংগী মৈরান।
পিখি অচুম্বগী মঙাল পৃথ্বীদ॥

নংগী মঙাল নশানা নংগী শান্তি পাওজেলম।
ভারত পৃথ্বা ইংনরে।
শান্তিদ চন্দ হাপ্পুন ভারত ভুমিগী রাংমদ
শান্তিগী পাওজেল শন্দোকপ্রে॥

বাপু নংগী সমাজবাদকী মুংশিৎন ভারতকী লৈমায়দ শিৎলগা
সমুদ্র রাংমা পাংখরে॥
হে! রাষ্ট্র পিতা বাপুজী নংগী মপোক লাংওনন
তাইবংব অমক নোঙ্গরো॥

---

# সমাজ

(১)

চৎনিং চৎনিংবদ মচৎলু,
হায়নিং হায়নিংবদ মহায়য়ু
ঙাংনিং ঙাংনিংবত্ত মঙাংঙু,
অদুবু:
খনসি সমাজগী রাখল।

[২]

কনাসি করি, কনান কনা,
ঐস্থু, মাস্থু, নংস্থু সমাজ,
চৎখি মাস্থু চৎখি নংস্থু,
চৎনি ঐস্থু,
তৌইগুম্বসুং,
লৈরি সমাজ।

[৩]

ঐস কনা, মাসা কনা
নংস কনা, কনাগী করি,
কনাগী কনা—
অদুগা:
লৈরি সমাজ।

[৪]

কনান বারি, কনান সোকলি
কনান কপলি, কনান তারি:
কনান সিরি, কনান পিরি:

কমান য়েংলি, কনাম নৈখোক্রি :

অনুবু :

য়েংলি সমাজন।

[৫]

য়েংউ থৌরি, হুঁ হুঁ মখোল থোক্
থৌনিংব অমন,
য়েংউ শুরি কেৎ কেৎ হমাং তানা
শুনিংব অমন,
য়েংউ নিরি খর খর খরদং
নৈজব অমন,
য়েংউ হাপলি নৈজব খর শেংল খমোইন
হাপনিংব অমন,
য়েংউ পিত্রি পেথোক-চাউথোক্
পিনিংদব অমন,

অচুবু:

উরি সমাজন।

[৬]

চৎলি বেক্ চাও কোর-কোর
কনা অম,
চৎলি জুরোই ডামলোই-ডামলোইন
কনা অম,
চৎলি হোই হোই লেংজুন নাম-নাম
কনা অম,
চৎলি গে গে হুই থোংন-থোংন
কনা অম:

চৎলি গেৎ গেৎ লেংজুম ফয় ফয়
কনা অম.
চৎলি বেং বেং চোইরোল লোয় লোয়
কনা অম.
অসিরা সমাজ?

[৭]

ময়েক য়াওত্রে. মখোল খোক্লে.
মচু শেংত্রে. রাখল চুমত্রে.
মনিল চৎলে. মখুম য়াওত্রে।
মপাল খোপত্রে. কিনাম চৎলে.
মনিং মেত্রে. ইয়ু য়ুরে.
অসিরা সমাজ?

[৮]

অঙাংশিং রারে. সমাজন খরো.
মশিংন হ্রেরে. মশক্ত রাৎলে.
মখোইনা ভারে. মীশিংন পিত্রে.
মখোইবু শামলো. মখোইগী মীশিং.
মখোইন পামত্রে. সমাজগী মীহেন
মখোইন ভারে. মখোইগী ভিমাও
সমাজনা পিত্রে. মখোইন পেত্রে।

[৯]

খরনা চৎলে স্যুট-ভাই জীব-কার ভোংল.
খরম চৎলে কীমন শেৎল নঙ্গো পুর.
তান্নু. তান্নু অঙাংশা নখোই দরকার.
পিওমত্রে. পিওমত্রে. নখোই অপাঙ্গ খর.
অসিরা সমাজ!

[১০]

নোম্নো নোম্নো লৌমীশা।
শুরো শুরো, শিম্মীশা,
নখোই শাদোং শুমথরোমে,
নখোই হুমাং তাইল্লোনে,
করবার খুমাং চাউশিলহন্নব,
মখোইগী শেন্দোং হুন্নব,
পুন্নমক উরি সমাজম !

[১১]

য়েংঙু য়েংঙু সমাজ,
কয়াগী মতিক রারন,
হুমাং মরিক চুপন,
নোংমগী চরা তাল্লিব,
ফৌ খুয়া খুন্দুন
শোরোক মচি পোৎ লিংতুন
মিৎলু ঈরা ঈরোইনন
মৈফম উতোং মৈকামলিব,
রার চৌংগী অহল’ম
কয়া মতিক চৌংগোইনন
পৈশা অম নিরিব
উরে মসি সমাজন।

[১২]

থিসি পুন্নমক সমাজন :
লিসি পুন্নমক সমাজন :

মেমসি পুন্নমক সমাজন
লাইরু-অনং তেমশিন্নন ;
ইমাক-খুন কাংলুপ যাহন্নন,
শান্তি পাউজেলন মাংওইনম,
জাতি-ভেদকী রাখমনদন,
অপুনব লিচিংন লমজিংমন,
শাগৎসি নিংথিন মান্নব সমাজ।
অসিন্না সমাজগী খোঞ্জেল ?
অসিন্না সমাজগী বাহং ?
অসিন্না সমাজগী পান্ত্রখুম ?

———————

# মিলন

[১]

হায়য়ু নংবু করিগী চিংনরি,
নংগী রাখল ঐগী রাখল,
য়াম্লে তিম্লে মতম খুদিংদ,
নংগী থমোই ঐগী থমোই,
অতংপ লৈতে মিলন।

[২]

খঙলে নংগী অরাব ঐন,
উরে নংন ঐগী আশা,
করিগী থমলি পুন্সুনা অমুক।

[৩]

অতৎ অথম লৈতব পাউখুম কথা,
পিরি নংগী লোম য়েংবা মিৎয়েংন,
খাংব ঙম্মোই খঙই নংস্থু,
ঐন খোঙ্গেল য়াওদব পাউখুম পিবদ
খামখো ফাজিনখো নংগী থমোইবু চেৎন।

[৪]

সমাজগী ঈচেল, চৎনবী, নিয়ম
কনথ্রে, পাকথ্রে, চাউথ্রে :
মখোইন খামলি ঐবু ৎৎতন।

[৫]

মিংশিংলি নংগী রাঙাং খোংথাং, মিৎয়েং
ওৎলব্রি তোয়ম থমোইদ:
অহিংগী থেংলব মীচিক মীয়াওখোল
তাত্রব মতমদ নংম খনগদব
রাখল পুম্নমক ঐন উম্নি ভৎতন।

[৬]

মোংমন্থু নংম পিখি
নংগী মাইথোংগী পাউথুম
খোঙ্জেল ম্যাওদন ঐঙোন্দ।

[৭]

ঐন থাংব ওমখিদে
কোংমিং-কোংমিং, হায়মিং-হায়মিং
ইতোমত খনকম্র খওদন রাখি।

[৮]

নংগী নতো উম্নগা হেনখি
ঐগী থমোইগী থাংওমদব
অরাবা শক্তম অমুক হেন্ন,
নংন খন্নগনি ঐবু থৌনা নৈতব
নত্তে! রাখল-অতু নংন খল্লিব।

---

# কাঞ্চি লৈকোলদ

ঙসিদি মংকাউমরে
ঐখোয়গী মাংমক্তু
মতম কুইনদগী মংত্মক্রব
ঐখোয়গী বীদ্য মন্দির
অমত্তা ঙাইরব।

ঙসিদি লেপ্লরে
কাঞ্চি লৈকোনগী তমপাক থক্তু
কাঞ্চি লাইরেম্বীগী থোজাল খুৎফংনম
মহৈগী চাউর মন্দির
মনিপুর ইমাগী।

ঙসিদি উৎলরে
মতমগী কল্লব ঈচেলন পুরক্তুনম
ফুংশিরবী ইমা কাঞ্চি মন্দির
লেংলকলে হকথেংনন
মতম কুইনগী তুংদ।

রাকুম্ম ইমা কাঞ্চি
লৈরি ত্তেংবাংনব ইমাগী
চিংনরি করিগী নপুক্রিং
লাকখিনি নংগী মচাশিং
কাঞ্চি ইমাগীদমক্ত।

মোংম শকখি কাঞ্চি কোকিল
মতোমতা খোংখি কনা য়াওদ
মীকপ খোঙ্খাং ময়েন
কনা লাক্লরোই রাখলন
কাঞ্চি ইমাগী খল্লুবদ।

কাঞ্চি নপারীগী তুংইনবশিং
রাংলোই শৈথানব লৈকোলসিগী,
মাধবী লৈকোল রাংতরি,
নৌহৌন লৈশাং তম্লরি,
লৈ পরেংগী মরিক চুম্লরি,
পিরাং তানা কপখিস্নু।

চন্দ্রনদী ঈচেলস্নু লেপ্তুরি,
থেংঙ-থেংঙানা চেম্খরি,
প্রকৃতিগী খোংচংস্নু কাইদরি,
ঙানথোই লিয়-মল্ল ফুরা দলালশিং
মঙুনব ফিজেং শেংতুন,
লৈরি রাঙাংদন চপ-চপ লেঙ্গ্লন
মিংশিংহল্লি হৌগ্রব দৃশ্যশিং, রায়ীশিং।

নংগী নতমপাক থক্ত
অনৌব খুংশেমগী দলালশিং
নৌন নৌন হৌরকলি
মিংশিং মিংশিংন মহৌশাগী
লির খুবমশিং মিংখিরম্ব:
কাঞ্চি ইমাগী মগুনশিং
ঙাক্ল লেপলি পরেং-পরেং।

মোংঙাল্লমলাহি মৌরকপ
প্রকৃতিগী থৌশিল কাইদম
শজিক থাবানা থোকপগুম
মুৎলি-মুৎলি থরামমিচাকশিংন মোমন্তুন
ঙানথোইরকলি মহৈগী মন্দির
ইমাগী মিংথৈ য়োকথৎতুন
কাপ্কি · ইমাবু লোকহনন।

মাইকৈ মাইকৈ কয়াদগী
মপারী মমোম কয়ানা
নৈকোলগী নৈচন ওইররি;
মখোইগী কাংসুপ কাংসুপন
তুংগী থোংথাং খোংইন
ওন্না থোংলোই তুররি,
পুক্লিং শেমঙল ওইররি।

অনৌস নৈকোল ওইর'সু
নৈচন শুনা শাৎপনা
নৈকোলসি মপুং ফাহল্লি;
মনিপুর ইরাংমা লান্দুনা
ইমাগী মিংথৈ শন্দোকপ্রে;
ভারত নৈমাই পাংলগা,
মীরমদন য়োন মিংচৎপ্রে।

—লোইরমা—

লাইশ্রিক যংফম :—

ইম্ফা.ল, ককচিং অমসুং মোইরাংগী মরুওইবা লাইরিক য়োনবা হুকানশিং ।

"হৌজিকী শৈরেং" সমাজসিগী মসুংদ লৈরিব, সমাজসিদা থোকলিবা লৈতংলাইর, অবা-অনা পার্টি, মতমগী পার্টি, কয়াসিগী মসুংদা বাঁথল থমহনা করিগুম্বা শকম অম পুথোক্লকপনি । কবিনা উক্লবা, থেংনক্লবা থরগী ইকসপরিয়েন্স কোংদোকপনি । পুম্নমক অসি ওইহনসু, কবি অসিগী মশাগী ওইবা মপিথোক অমদি লেপ্তবা ঈচেল লৈতবা নঙ্ক্ষেজগোইগী নিংথৌজবা থুথেক অম লৈরগুম, ঈশৈগী গুমহৎপা ভুব অম লৈবগুম, শৈরেংগী কাওঙমদবা শাহু অম, থাজদনা তারকপা বাহৈগী মচল অম । পুম্নমক অপানশিংনা খংবীগনি, থেংনবী গনি—অফ, ফত মরেপ মওাল শিন্নথোগ্নকলিবনি অপাবশিংগী মকমদা ।

Printed at M. D. Brothers' Publishing Printing
& Stationery Co Kakching, Manipur.